# অপোকপা মপুগী তুংনফম

(লাইদা অহুমশুবা)

লেংবিরগা

## লাইহরোইশ্রুবা লাইনিংখল ইবুঙো

নাওরিয়া ফুলো

কোওকবা

## এস, এস, পবলিকেসন

অপোকপা চহিরোম ৫০ — শচিফু থাবে

তাং ৮ মে নোংমাইজিং — ১৯৮৩ ইং

কপি ১৫০০

নমথকঃ—গনেশ প্রিন্টিং পাওনা বাজার।

# ৱাহৈদোক

য়ুম্লাই খুরুম্বা "লাইবা লাইরোন" অসি মীতৈ শাইরোই শ্রবা ঈপা-ঈপুশিংনা মথং মথং য়েনগৌডদগী তৌরম্লা মতুং ইন্না, ঙসি ফাওবা লাইরোন অসি থাদোকনদ্রে। য়েক শশাই নাইরিবা মীতৈ পুম্নমকনা ঈশা ঈশাগী ঈথৌ রোইবা য়ুমলাই লোইনবা খুরুম্বা লাইথৌ মীতৈ লাইরোন অসি ঈমামকনি খনজত্না, ঐখোয়গী লাইনিং লমচৎকী দমক মতেং রোইনবা কো দোকওবি। লাইরোন অসি মমুং অমমুং মপানগী থৌরমদা য়েংবিদ্রনা, লাইবা অসিবু লৌশিনবিরবদি মীতৈ ঐখোয়গী থৌজমনগী মহৈ যাল্লে হায়না য়াম্না নুংঙাইজগনি।

তরাগী ননাই
নাওরিয়া ফুলো
ঝাকিরবন, লাইশ্রম খুন মমাং লৈকাই
কাছার।




## হায়জনিংবা

মীতৈগী ইনাৎ-ফিচং থৌরম কয়াবু মীকপ থোকননবা তৌদোকপিরম্ব' লাইরোইরবা লাইনিংথৌ ইবুংঙো নাওরিয়া ভফুলোনা বাঙ্গলী মহেক্কা ইথোকপিদুনা থম্বীরম্বা "লাইরা-লাইরোল" গী লাইরিক মচা অসিনা লৈবাক মীয়ামদা কারবা পীবা ঙমই লায়না ঐখাক্কী রাখম্বা থাজক্কবদগী "মনিপুর ষ্টেট মীতৈ মকপ"না হন্না হন্না ফোংধ্রবগী তুংদা লৈহাক্রা লাইরিকসিবু অমুক হন্না' উনম তৌকদুনা "শান্তি মেমোরিয়েল লাইব্রেরী হোমদা মতেং ওইনা কথোকচরি। খুংনম অসিবু পুথোকনবগী মতাংদা লাইরিকসিবু হান্না ফোংবিখিবশিংদগী অয়াবা য়াথং লৌজখিদবগীদমক্তদি ইরৈপ কানি নিংবিদুনা ঐবু ঙাকপিনবা হায়জরি।

অরোইবা বাহৈনা ঐনা হায়জনিংবদি লাইরিকসিগী মচল অকক্পনা লেপচদ্রে অঙম্বা শেলগী মতেং পিনবীদুনা মথং মথং-রোইনা ইনাংকী অমদি অতোপ্পা লাইরিক কয়া পুথোকপা ঙমহনবীয়ু হায়না মীয়ামদগী মতেং নিজরি।

হায়জরিবা

এস, এম, পাব্লিকেসন

লাংথাবাল মন্ত্রি খোং

ইম্ফাল ৭৯৫১৩৭

# লৈমারেনগী মতৌক।

"হৌড় নিড় নিড় নিড়।"

ঈমারেনদি সিনবী তাইবং মালং শললিবী
সনা কমবান ওংবা-চুমবী সনাচৌং চীদোন চাললিবী
তাইবং য়েংবু হুনললিবী মাপেম লংজাও ওইরিবী
ঈমারেন ॥

য়ুমদা লৈবী য়ুমলৈমা, শিংদা তেংলে শিংলৈমা
লৌশিং লৈমা ওইবীনি মনুং মপান উবীনি
ঈশিং থকতা লৈরিবী ইরই লৈমা কৌবিবী
ঈসাইযুদা লৈরিবী লৈমারেনবু কৌরিবী
ঈমারেন ॥

লমমকতবু লৈদ্রগা সনা মিংয়েং তারগা
লমলৈমাবু হালরিবী মচা মনাই য়োবলিবী
মচৈ-মপোং ওইরিবী কৌও বীনি হায়রিবী
ঈমারেন ॥

কময়বান ওয়-ওয়নবগা মপু নাকতা ও'লগা
লৈমারেনবু কৌগনি সিদবীনি থংগনি
তাইবংপানগী মমানি শিননা থুংনা লৈবনি

ঈমাদি ।।

ঈশিং তবং চা•বীনি মুংশিং তর' খো'বীনি
অতিয়াদা শাংশিবী মৈতোনদনী খৌশাবী
মালেম লৈগী ময়োননি মেনংনো হুনবী মায়বীনি

ঈমারেন ।।

শংগ ই থুংগী থ'উ'মনি তৈরা মড'ল কবীনি
য়েকপু তরেং কোদলিবী শলাই তরেং ডাকশিবী
পুমনমককী মমানি মবেনথোম্ম ওইবনি

ঈমারেন ।।

... য়েকপু থৌরিবী গোইদো চুকলি ওইরিবী
... পোকপী ইমারেন তাইবংগীদি মায়কয়েন
... .. মমা ওইরিবী মচা মনাই য়োকশিবী

ঈমারেন ।।

নচা ওইবা নমাইনি মমিঙ—...কৌবনি
চাদা মাওড়া ওইবনা শলাই য়েকপু ওইবনা

থৌনিজবা মতৌকনি ইরাংচবা মথৌনি

ননাইগী ॥

ঙসি কৌব্রৌ মুমিংতা যারক মুঙাই মতাংদা
হৈদ্রম তরেৎ নংচরি লৈবম তরেৎ থেঙ্করি
খুবাম তরা লোনদনা খুরমজরি ননাইনা
অ -মুঙাই পীনবিয়ু যারক লৈবুন চাই বীয়ু

ঈমারেন ॥

হৈজদবা মরমনা থংজদবা ননাইনা
চৈরফী থোনজখিদে কুমজা ইরাং তৌখিদে
চৈরফীবু থোনজরি কুমজা ইরাং তৌজরি
অয়োন-অয়ান ঙাকপীয়ু লংজ থিবিক কোকপীয়ু

ননাইগী ॥

হৈজদবা ননাইনি থজদবা নচানি
থংদবনা মপুংনি লংজবগী মশংনি
য়ারবী ইশৌ লা'বীমু যপী মৈশা কাংবিমু
খুবাম তরা লোননজৈ ঈমারেনবু খুরমজৈ

ননাইনা ।

হীও কুক কুক কুক ।০॥

# লাইনিংথৌগী মতীক।

—):0:(—

"হা হুং হৈ য়া হে, হৈ য়া হে, হা হুং।"

ইবুঙ্গোডাদি লাইনিংথৌ য়ায়বা কোনগী মপুথৌ
করাং কাংলেন লংথোবা নৈরক কেংনশাং শিললিবা
মেকনা শরোই লালওয়বা খোংগান নুদা লালনাবা
লাইনিংথৌ॥

নোংদোন থকনা শলওবা সা চৌংনা নাওকোনবা
ঈপুরোইনি থংজাগ তাউইরোইনি হয়ক্ষাগ
অরাপপনা উমবা অনকপনা নৈনবা
চাওবা পীকপা নমিংনি শীননা থুংনা লৈবনি
লাইনিংথৌ

মৈ তরু ঈশিং তরং অতিঙ্গা নুংশিং তরু
মালেম লৈদা খৌশাবা মেকনা শরোই লালওয়বা
তোপনা লৈবা তোঙানবা তিননা লৈবা অতিনবা
তাইবং মুংদা লৈবনি খৌঙৈই নায়না কৌবনি
লাইনিংথৌ॥

তমজ উ কাংলেন শাযৌবা য়েননো চুকপি পায়রিবা
চৈবা নৌরেন হোলপিবা য়াংজ শগোল শৌরিবা
শজিক থবা ওইরিবা অমম অচান থাইরিবা
ছুঁনা নিংনা নরোংনি তাইবং লৌপিং মৈয়নি।

লাইনিংথৌ।

লৈপাক গাইবা থুবাই কাংবা নিংথৌ মাইবা চিরাই তাবা
থুবান তবা লোনদনা পুকনিং শৌরাংজদুনা
নংগী নবু খুরুমজে থজোই কোনদা চুম্পিনজে

লাইনিংথৌ॥

কোনশেন সনা পীবারেন সনা মহী ঢৌবরেন
ফুরিং সনা লাইজরেন সনা ফমবান মণীরেন
শনন্দা গীদি মরাব ফুংগাগীদি লাইরুবা

লাইনিংথৌ॥

থোংজিনদবু লৈবনি থোয়ারেনবু কৌবনি
ছুইজুম তাকম তাবনি তরাং নোংদোন কাওবনি
শনদংথাদা থৌশাবা কৈদা লৈবা কৈরুবা
লমঃকতদি লমমাবা লমশেনবু ওইরিবা

লাইনিংথৌ॥

থংজদবা নচানি লংজ চাওবা ননাইনি
.. ... য়েককি শলাইনি মখিং... . কৌবনি
... ... শাগৈ ওইবনি নরাভবু ওইবনি
থৌনিজবা মতীকনি ইরাংচবা মথৌনি

লাইনিংথৌ ॥

নোংথোং কোয়বা অঙম্বা তরং লৈরেন পোশলিবা
ঈপাক থকতা পুরেনবা হ্নখৈ ঋহন মরেংবা
য়ৌনিংবদা য়ৌবানি চংনিংবদা চৎপানি

লাইনি থৌ ॥

ঙসি কোরৌ নুমিৎতা য়াথক নুঙাই মঙাংদা
হৈরম তরেৎ কংচরি লৈরম তরেৎ থেনজরি
চরৈকীসু থোনজরি কুমজা ইরাং তৌজরি

লাইনিংথৌ ॥

য়োনবা কাদ ঙাকপীয়ু লানবা কাদ কনবিয়ু
অয়োন অরান ঙাকপীয়ু লংজ খিবিক কোকপীয়ু
য়ারবী হৈগৌ লাংবিদু কাথবী মৈপা কাংবিদু
অক-নুঙাই পীনবীয়ু য়ারক লৈবুন চাইথবিয়ু

লাইনিংথৌ ॥

নিজরিবা পীনবিয়ু থৌজান মিৎয়েং য়েংথবিয়ু
য়েকনা থিবিক ভুমজগে লাইথুং লাইনা কোকচগে
মিংশাউ মিংচং ওইজগে পুক্নি তোলোই ফংজগে
নাতেকখদা তৌবয়ু নহন কমদা হনবিয়ু
লাইনি থৌ'।

হু কুক কুক কুক ॥ ॥



# অপোকপগী মতীক।

—):0·(—

"পা হুঁ, হৈ মা পহু।"

তেংবানবগী ইবুংঙো য়ারম্ফ থোকবা ইবুংঙো
ইবুংঙোনা মকুনি ইবুংঙোনা লোংবনি
ইবুংঙোনা লিকলুনি ইবুংঙোনা গৌনি
পৌরাই হায়না কৌথগে পাংনিংথোনি থায়কগে ॥
ইবুংঙোগী থৌরমনা তাইবং মহে ওইদনা
য়েংকী লমবী থাদক্রে সোরারেনসু ফাওকগে
য়েংকী লমবী থিংলগা ওইগী লমবী থাবগা
লৈমারেনসু ফাওরকলে তুইন মকুপ ইলকলে ॥
ইবুংঙোগী পুকনিংনা পৌরাংতবু ওইবনা
তেংবানবদি ওইথরে হেংনা সোমনা পানখরে
অতিঙা তরং ওইথরে মুংশিং নিংথৌ শিংথরে
মৈ, ঈশিং চেংথোকলে মাসেম থৈ স্বা থোককলে ॥
কোরৌ লাইনা চিংডিবা অতিঙাগী অপানবা
মথং মথং ওইথরে তেংবানবদা শিনখরে
ইবুংঙোগী মুংদগী হুমাং মরিক কেংদগী
পরোই মরুপ পোকখরে অচং চংতা থোকখরে ॥

সোরারেনগী মকুপনা কৌক্রু থকত্তা কাদনা
সনাচৌংগী মত্তোনদা ময়ূফ খিবিক তুংভমদা
সোরারেননা চিংদনা লাইগী মকুপ তিনদনা
নুংডাই থোইনা পানখরে ঈপু মাইন হরাউরে ॥

লাইরেমবীগী মকুপসু তুংইন মকুপ খিবিকসু
সনাচৌং মত্তোন তানখরে লাইরামশিংগা উনরে
তেংগা রাংগা পাখরে য়াযফ থোঈনা পানখরে
শরেই মকুপ পুনখরে কৌক্রু লোইত্তা খুনদরে।

ঈপুরোইগী য়থনা সোরারেনগী মকুপনা
চাংলেন চাংদান খুগাইরে ইপাক ইচাঙ্গি ফুনখরে
লইরেবাকক স্রপত্তনা লৈবাক অমি য়েংফুনা
সোরারেননা পানখরে নুংডাই মপান শাখরে ॥
সোরারেনগী শংগাইদা রাখননা ফংবা মত্তাংদা
ঈপুরোইনা শায়াংলে কোনসেন সনা থোরকপ
লৈমারেননা রোকখরে মচাগী মতম ওইখরে
তুকখাবসু পোকখরে পাখকননা হৌখরে ॥
কোনসেন সনা শীবানা মপারেনগী য়াংংনা
ত্তাইবং লেমবা ৎৌরকলে মথং মথং পুথে করে
কৈ-গী হৈল-গী মকুপসু উরি উপান খিবিকসু
মথং মথং শারকলে নিংবা খিবিক থুংইরকলে
তুকথাবদি মনাওনা শংবৌদনা শক্তনা

মথং শিংনা থুগাইরে কুমৈ পাউজাক থুংলরে
ক্ষুলিং সনা পাবানা মপাবুংদা চংজনা
থৌদোক খিবিক রাকংলে মরম খিবিক পাউজাকলে ॥
মপাবুংদি সোরবেন লাইরেম্মাগীদি নিংথৌরেন
মছাদগী চিংথোকলে মুজা অমা পুথোকলে
পারিজোনদা পিনরে তুকথাবস্থু হৌরাওরে
ঙৈখাই খিংগাই লৈজনা কোনসেন নিংবা থুখর ॥
তাইবং শেমলো পারিহন ঈপাগীদি সনাকল
য়াথং মতুং ইনদনা পুকনিং রারেপ লেপজনা
মরোং অমা পুথোকলে মপাবুংদা কংশিনলে
মপাবুংনা য়েংঙকই মরোং চুমদে হায়রকই ॥
মথং মথং শাথরে মপাবুংদা কংথরে
মপাবুংনা য়াথরে মকম মফমদা থমথরে
নমু তাইবং শাদনা তাইবং শনগে নিংদনা
সোরারেননা হায়রকই পীবরেমদা য়েংঙকই ॥
মথৌরাইবু হাপজনা "তামু" হায়না কৌদনা
ঈপাক সুংদা থাদোকলে তাইবং চিনজাক ওইরকলে
অমা অমুক শাথরে মপাবুংদা কংথরে
তাইবং মরোং ওইদনে মথৌরাইদি হাপশিনরে ।।
মথৌরাইবু হাপজনা মচিনজাক পিদনা
ঈস্বুংবুংদা থাদোকলে "হজোই" হায়না থোনথরে

অমা অমুক শাথরে মপাবু দা কৎথরে
মরোং চুমদরি হায়রকলে সিদ য়াথং তৌরকলে।।
উমং লুংদা থাখ র চোংনা চোংনা চাওজরে
"চোংবু" কায়না থোনখরে লাইয়ামশিংনা খংনরে
কোনসেন লৌশিং চমখরে মপাবু দা হায়দাকলে
কোনসেন তৌরাই রাখরে মপাবুবু য়েংখরে।।
সোরারেনদি সিদবা পীবারেনবু কৌরকই
ঐগী মিবু য়েংদনা "মীবু" শারো হায়রকই
মপাবুংগী মমিবু পীবারেননা য়েংখরে
তাইবং মীগী মরোংবু কক্ত থোইনা শাখরে।।
মিগী ফিদম লৌদনা তাইবং মীবু ওইখরে
লাইগী চাকোক পূমনমক তাইবং মশীং চনখরে
তুকথাবগী শলাইদা মচা ভরেং পোকখরে
ময়েক ভরেং হায়দনা তাইবং মীনা খংনরে।।
য়েকনি মতুং ইনহুনা শাগৈ শলাই শনখরে
তাইবং মীগী মরুপস্মু মথং মথং ওইখরে
মহাকবি মহাকবি "অপোকপা" তাইবং মীনা নিংনরে
তেংবানবগী মপুনা থোইনা হেনবা পেনখরে।।

## * অপোকপনু থৌনিজবা। *

য়েকপু পোকপা ইবুঙো ননাইনবু থুরমজৈ




শাগৈ পোকপা ইবুঙেঙা ননাইনবু খুরমজৈ
ননাই [illegible] শাগনি .. [illegible]কপু ওইবনি
মচিঙ .. [illegible] চা ননাই ওইবনি ॥
থৌনিজবা মতৌ[illegible] হৈরাংচবা মথৌনি
নচা ননাই ওইবনা খুরমজবা মথৌনি
শাগৈ পোকপা ইবুঙেঙা ননাইবুদি থৌজানবিয়ু
থৌজান মিংয়েং তাদনা ননাইবুদি কোনশনবিয়ু ॥
খুজদবা ননাইনি লংজ চাওবা ননাইনি
অয়োন-অয়ান মতমদা ননাইবুদি কনবিনি
অয়োন অয়ান লৌবিয়ু নিংজরিবা থুংহনবিয়ু
নচা ননাই খিবিকতা য়ায়ক খিবক পীনবিয়ু ॥
ভগিদগী হৌদনা অক-নুঙাই ওইজগে
লাইথুং লাইমা কোকতনা মবী মচাং শেংজগে
মাংজৌননা কেএজয়োই লৈনম য়াংনা চনজরোই
পুনসি তোলোই ওইজগে খোইয়েন মাংদা থাজরোই ॥
য়েকনা মখা পোনজরোই অমমমদা লৈজরোই
চীংথকতগী তাজরোই শোকচপজবু মাংজরোই
ইবুঙেঙানা কৌমিনি ইবুঙেঙানা শেনমিংনি
কৈকংবসু নহাকনি শেলুংবশু নহাকনি ॥
পুনসি তোলোই য়ায়কবা মিঙকাও মিংচং অথোইবা
ইচা-ইসু কংজগে য়ায়ক থোইনা লৈজগে

থাংতেক্তনবা তেকচয়োই লমথাংদা থাংজয়োইঁ
লমমাংনবা মাংবনা শোরি লোয়া ওইজয়োই।।
কৈবু শেনথু চাওহনবিয়ু শাংগল লৌশিং পীনবিয়ু
খোঙান মিংয়েং তাদনা য়াবক কৈবুন চাইথবিয়ু
লমমাবস্থু নহাকনি তুমাবস্থু নহাকনি
লৈরুংবস্থু নহাকনি কৌরুংবস্থু নহাকনি।।
লৌশী ইংখোল শনদনা লমমিং ফুশিং চাওহনবিয়ু
পুকৈ লনকৈ চাওদনা শেনকৈ থুমকৈ চাওহনবিয়ু
ইশল ইওক য়ামহনবিয়ু শাগৈ শলাই চাওহনবিয়ু
ফুশিংনবা পানজগে য়াবক মিংয়েং য়েংথবিয়ু।।
পাউলেন খোঙা অথোইবা পাউলেন তাকপা নিংথিবা
ঈপুয়োইনা লেংবিয়ু তাউইয়োইনা তাওবিয়ু
লৈপাক মাইবা খুমাই তাংবা নিংথৌ মাইবা চিরাই তাংবা
নত্তেকমদা তেশনবিয়ু নহন কথদা হমজনবিয়ু।।০।।

ছঁ কুক কুক কুক।।০।।

ছঁ শিদথা

অপোকপগী খুরমজে।।

— লোইজরে —

---

অইবশিংদগী অইবা থুই কৌজরি। লৈবাকনিংবা অমদি ইনাংকী ওইবা 'ল্যোইবনা মীয়ামদা হেক্না কায়বা পিবা ঙম্বা থুই লাইরিক্কা য়ামা কোংবগী থুরোংচাবা পিজরনি।

অকুপ্পা মরোল 'মঙ্গাংলক্ষম' চম্ম ম্নুমতি খা-ইম্ফাল মনাক্তা, অমদি মখাগী লৈকম অসিগী শংবিরবা খাগনি।

এস, এম, পব্লিকেশন
সি/ও, এম, কোরৌঙবা মচাং
লাংথবাল কঙ্কিখোং
ইম্ফাল ৭৯৫১০৭